ফোংজবীঃ— হুৱাইবম ওংবী মেম্মা দেবী
বাংখৈ




মখুম শেকপঃ— নিংথৌজম তেজেন্দ্র মৈতৈ
দিপ্লোমা ইন ফাইন আর্টস
বাংখৈ

ব্লোক শাবঃ— রাজকুমার গোকুলচন্দ্র সিংহ নিটল [illegible]

লাইরিক ফংফমঃ— ১। অফোংবা অমদি অইবা মশাগী
২। ইম্ফালগী লাইরিক যোনবা মফম

মমলঃ— অচম্বা মখুম লুঃ ৫.০০
অথনবা মখুম লুঃ ১০.০০

অহানবা ফোঙবা ১৯৮২
কপী মশিং ১১০০

"মরৈবাক মঙ্গাংলিগী লিংথা ভস্ব
[illegible]াক্লব হোৎনবদ থরায়না পোন্থা
ওইহুনা চংপ্রবশিংগী মফমদ কংচরি
ঐগী থরায়গী তেংথাখোল"

" নোংমৈ গুলিনা পৃথ্বীদ শান্তি পুরক্কনি,
নোংমৈ গুলিনা পাওথুম পিগনি খল্লিবশিং
উসিগী পৃথ্বী অসিদ ঙিংলিব মাথাম্না
পাম্লিবা শান্তি অদুদি শিরবা মতুংদ ফংব
শান্তি অদু নত্তে "

অহৈব

কুমার হৱাইব

# বাহৈ থরম্দং

চাওখৎলকপগী মতুং ইন্না কুটিসাইজ তৌবিনবা মী য়াম্রবা মতম অসিদ হন্দক মপোক্কী পাউখুম পিব ঙমগদরোইদব ঐনা ইকুথি ঐগী "থরায়গী ভেংথাখোল"। অহানবা ওইবনা বনান মক্তা ইশাগী ফিরেপ অমদা থমজবা ঙমজদে। মসিমক্তি ঐখোয়না অঙাং ওইরিঙৈগী মতমদা স্কুলিং শোয়রকপনা ওইগনি হায়না থল্লি। মরম অহুন লৌরিবা অঙাংশিংবু বনানগী অরেপ্পা অমা থম্মীনবা হোৎনবিরিবা ওজাশিংবু থাগৎচরি। লোয়ননা কম্পোজি-টরগী হৈ-শিংবনস্তু অঙৈববু ভেংবাং পিদবা নত্তে। অয়ানবা কয়া অশোয়বা কয়া তাকপিরকপ হয়াও হয়াও লৌজরি। খুদোং চাব ফংবগা চুমথোকচগে। লাইরিক ইবা ফোংবদা থরাই য়াওজরব ঐগী মকপ পিঃ কে কঙাং সিংহগী কাওঙমদ্রবা বাহৈ "ইতাও নং কিহুনা লৈরবদি লাইরিক ফোংব ঙমরোই নংবু চে ফাওবা লৈব ঙম্মরোইদ্র, লাও লাইরিক অহুত পুরকউ ঐগী প্রেসতা নমসি"। ঙসিদি ইতাওগী কাওঙমদ্রবা বাহৈনা ঐনা ইমিংনা অহানবা ওইনা উবা ফংজরে এগী "থরায়গী ভেংথাখোল"। পূকচেল চাওরবা প্রেসতা য়াওরিব ইচল, ইনাও-শিংগী তৌবিমল কাওজরোয়। লোয়ননা "ঐগী ইয়াম্বা ঙাংবম

কুল্লচন্দ্রগী য়াইহ "ইরিৎঙে মতমদা লোয়না ইৎৌরো" হয়-হয়া হায়বিখিব ইয়াম্বগী য়াইহেনা ঐবু ইবগী ঈনোং হাপ্লিখি। মতম খুদিংমক্ত ঐবু লাইব্রিক ইনবগী মতম পিবিখিবগীদমক ঐগী ইয়াম্বা এঃ কেঃ ইবোতোম্বী, সনাজাওবা, ইতাও বাবু, ইনাওশিং বীর, গোপি, নবকুমার, ইচলশিং শান্তিবালা, বিনাশখি ময়াম্বু থাগৎচরি। ঐবু তেংবাংবিখিবা ইন ও মনিমচা, ও, বুধ, মনিহারবু ক ওজরোই। লাইব্রিক অসিবু ফোংনবা হোৎনবদা শেল পুথোকপদা নত্তনা ঐগী অয়াংপ খুদিংমকপু মেনখৎপিখিব মশাগী ছমাংমন য়াওপ্লব ইশেল সুপা শ্রীমো, ইনাও ইবুংঙো কেঃ ঐইচঃ রতন নখোয় অনিগী মহে না ঈয়াম্বনা লাইব্রিক ফোংব ওমজরে, হন্দক মপোক্তী নখোয় অনিগী শিংব ওমলয়োইদব লমলম্বু নয়াম্বনা তোঙ্গেকো। চিরব মতমদ ইনাও ইবুংঙো তেজচন্দ্র মীতৈদ মনিপুরগী মেপ অমগী মমুংদ কংলৈ ইমাগী কময়গী শক্তন অমতা য়েকপিয়ু হাবজক্লবদা মমল লৌদনা হরাও হরাও য়েকপিরকপ ইনাওগী তুংগী মিংচং তাইবঙ মপুগী থুয়াদ নিজরি। শৈরেংবু কনানস্থ অমিরক হয় পানিংলোয় খংনা খংনা ঐন ইথি ঐগী "থরায়গী তেংথাখোল" মরক অসিদা ইমায়োলবু ঈংরাজী লাইহেনা চপ চানা থিরিব য়েংনো ইনাও রাই চাওবা ঈংরাজীবু পামজবগা য়াহং পাওথুম তাময়না ঐবু লৌশিং হাপ্তব নত্তে। এডুকেশন দিপার্টমেন্টবু নঙ্গো পোবদা শয়াং

ঙৌরবা ৱানোম্বা হৈজম্রবা ঐগী ঈয়াম্ব ওম্না শক্রব চী ঐইচ, লালগোপাল সিংহনা ঐগী শৈরেংশিং মতম থজিক্তং কায়থোকপিহুনা লোয়না পাবিরম্লবাদি হেম্না মশক ফজরমগনি মরক মরক্তা ইকায় খুম্নবদা মতিক চান্নব ঈয়াম্ব জেঃ এন ইউনির্ভসিতিগী প্রোফেসার ডাঃ মঙ্গী নিংথৌখগা অনিরক অহমলক্তং ফমিন্নহুনা ৱারি শাব ঙংঙখি মহুনস্থ ঐবু মতেং পাংখি। অবোইবা ওইমা কংলৈ মীয়াম্না ঈংনা চীম্না শান্তি ওইনা চান্নচিন্নন লৈমিন্নবহু পিবিনবগীদমক থাইবগু মপূগী মফমদগী নিঙ্গরি।

কুমার হয়াইব

———×———

# ঢৌরম লমায়

| হীরম | লমায় |
| --- | --- |


——×——

# থরায়না খিরি

নৈংথোম মরিক মরিক্না
শেমখি চাওরবা মালেম।
ঈশিং মরিক মরিক্না
ওইখি চাওরবা ঈপাক।
নুং মকুপ মকুপ্না
শাখি চাওরবা চীংজাও।
"ঈ" মরিক মরিথা
ওইখি ঐখোয়গী হকচাং।
ঈশিংনা পুরি, নুংকুপ্না ওল্লি
ভন্দে মান্দে, ভন্দে মান্দে।
মতম্না চংলি তপ্না তপ্না
পুন্সিস্থ হৌখি অস্থম অস্থম
রাংনা পাইরিবা উচেক
নুংশিংকি রাংমা লানবা য়ারোই।
"ঈ"না শিংলিবা চেল্লি
থরায়না লোংলি হকচাংদা।
মৈ ঈশিং নুংশিংনা
হিংহল্লি জীব কয়া।

কল্লবা সুংশিংকি শাফু
চাওরবা চীংজাওনা থংলি।
মপাঙ্খোংগী মৈচাকসু
অহিংগী লিক্লানা মুথংখ।
থম্মোয়মুংগী মৈচাক্তি
করম্বা মতমদা কোক্কনি।
উনশাতনা থংলিবা অঙাংবা "ঈ"
মাংখিনি নোংমা খংহৌদনা।
অহোবা লৈবা য়াদে
ঙাইরি ঈশিংনা চেনগদবগী।
অশোকপা লৈবা য়াদে
ঙাইরি অঙাংবা "ঈ" না থোক্কদবগী
পল থিংলি ঈশিংপা মুপা
উনশাতনা ঙাক্লি ঐখোয়গী হকচাং
ঈশিংনা থিরি অকুংপা মফম
চীংদগী লাকপা তুরেলনা,
থিরি পাক চাওরবা সমুদ্র,
থরায়না থিরি "অনৌবা হকচাং"।

---

# পুন্সীগী মরুপ

কনানা কৌরি কয়ানা ঙাইরি
নরা পুন্সিনা হৌগ্রবদা
থিরি ঐখোয়না "পুন্সিগী মরুপ"।
পলেম্না নাওকোনবা
পন্থোনা নাওয়োকপা
ওইরম্রে মরুপ মাগীদমক।
পুন্সিগী মরুপকিদমক রারি
মতমগী নহারোল কয়া
লম্রুরি; খুদি থিরি।
তেল্লবা মীওইবগী পুন্সিদা
মীংকুপকী ওইবা সুংঙায়বা
তুংগী পোলোয় য়েংদবা,
সুমিং অহুনা অরোইবনি
তাইবং পুন্সিগী সুঙাইবা
মথঙদা ঙাইরি অরাবা ময়াম।
সংসারগী অরা অনা কয়া-উরবা
ইমুঙগী পোংলুম কিরবদা
কোন্নং থাদোক্লনা চংখি "গৌতম"।

নরা পুন্সিনা হৌগ্রবদা
নোংমা অহল ওইরনি
লাকদবদা মঙায়রে,
পুন্সিগী মরুপ লাক্লগা
কুংঙাইগনি খল্লবা ঐনা লাল্ল
ওইরম্নে পুন্সি অসিদি "বন্দি"।

# লম্নখুনুদা

সুমিৎ য়ুংবা মতমনি
কালেন মৈশা থাংভমদা
লশোদা কনা চংখিদে।
চেক্লা মচা অপিশক
কোয়না কোয়না পায়রি
চীঙাক পিয়ু ভান্নরি।
মচিঙাক ইল্লি মমানা
মমানা পায়বা উরগা
মচানা মশা খল্লিবা

ময়ানা তম্বিরকপা
অঙাং ওইরিবৈঙগী হৈনবী
খদোকপা ঙমদে কনান্না ;
মচি মচি খুদিংদা
পাময়েলগী কৈরাথক্তুদা
চেক্লানা তোয়না খোংলিবা;
অনৌবা পাম্বা তাইবঙনি
উদববু য়েংনিংঙি
তাদববু তানিংঙি ।
চেক্লাগী মশক উদরি
পোম্বীগী খোঞ্জেল তাদরি
মীনদি হায়নৈ "তাম্না"
তাম তাম খোঞ্জেলদো
লমদম কৈদা খোংলিবা
করম্বা চীংদা লোংলিবা
বসন্তগী হৈনৌ মপাল
কদায়দা চৎখ্রে
কংলৈপাকী কোকিলদি ।
তাম্নাগী খোঞ্জেল হায়নরি
কোকিলগী খোম্লাংবু শোমরি
চেক্লা নংবুদি শিংখানবিদে ।

লমথুন্নু কোৗ চেক্লাও !
চেক্লাগী খোজেল তাক্লরে
"অশিবা" কৌবনু নিংশিংলে !
ঐগী থম্মোয় লকানুং
দং-দং ঙৈরি নংগী খোজেলনা
চেক্লাও ! করি বাবু হায়রিবা

য়েংউদো:—
লমগী চেক্লা অপিশক
ভাইবঙগী অরা সুংঙাই পুন্সিদা;
হরাও তরাম মরক্তা
মীগী অরাবা উরগা
কনাগী থম্মোয়না নোক্লিবা !
মচি মচি খুদিংদা
কনাগী থরায়না ভেংথারি
থম্মোয় শোক্না কপ্লিদো।
চেক্লা নংবু থংদব্রা
ভাইবঙ মীওয় মপোক্তি
নোকপগা কল্লগা থানদে।
নংনা নচাগী বারিবা
ভাইবঙ ঐখোয়গী অহমঙায়
নংনা চানবদা মখল্লি;

ভাইবঙ মীওইবা ঐখোয়ন
রাথল নঙ্বো পোক্না
ভুংগী পোলোম য়েংনরি।
কল্লক মীহৌ চাওবা
পেনবা নাইদবা ভাইবঙনি
চাবতনা পেনদে, থকপতনা ওক্তে।
য়েংউ চেক্লা; পলেম্না ভেংথারি
হিংলিঙৈ মতমগী "মুং'শবা"
কায়না রাথলনা কাওরক্রা।
মচাগীদমক রাজরবী মমানা
বিদায়গী পুংক্ম লাক্লবদা
কৌরি মচাবু হয়া হয়া
কনা থংদ কনা উহ্রবস্থু
থবায়না পাওথুমি "ঐদি চৎলগে"
"থনস্নগে হকচাং পোম্লাং।"
পামেলগী কৈরাথক্তুদা
চেক্লানা ভোয়না খোংলিবা
মরোল খোক্তবা উপালনা থংত্রবস্থু;
নংমা খোংবা ভারগা
সুংঙ'ইবা পাওনি থক্লুদে
অরাব' পাওদ মমাল্লি।

থরায়ন তাইবঙ থাদোক্লমদাই
কৌরি মমানা মচাবু
থম্মোয় শোক্না কপচরি
অশি লৈবাক য়ৌড্রিবৈঙ
নুংশিরবা হকচাং নংনা
থরায় মাবু থামখোকো।

---

# লৈচিল উরুবদা

অহাংবা অতিয়াদা
অথাপ্পদগী লাক্পা
লৈচিল মচেং মচেংনা
করম্না অমতা ওইরিবা!
মী ময়াম থবায় ময়াম
মীয়াম্না করম্না অমতা ওইগনি
তোঙান তোঙানবা থরায়না
করম্বা মকমদা অমতা ওইকগনি।

লৈচিলনা উহল্লি শচু কয়া
য়েংবদা কিরবা শক্তম কয়া;

শামী লাম্মী ময়াম
অশিবগী "কু"না পাইরি নোংথক্লা।
মীকুপ খুদিং মচু ওল্লি লৈচিলনা
পূকচেল লেপত্রবা তাইবঙ মী
চরাম্লবা শা কৈ কয়ানা
লাকদবগী চাইরি ঐখোয়বু।
পাপ চেল্লবশিংনা হৌজিক্কী খল্লরি
কনানা থিরি পুন্যগী লম্বী
খল্লি মপোক লাংওল অমগী
লাইনিং পরৈ চেংলি।
পাক্লবা সংসারগী তাইবঙ ঈপাক্লা
কিনা কিন্না থোং লাল্লিবা
অহোবা অমতং লৈবদা খুদি থিরি
মরাইবক ফবনা লাম্থোকখি, থরনা ঈরাক্লরি
উহল্লি মী তাত্রবা লমজাং
চংলি ফিঙৌ শেংপী ময়াম
মচি অমাদা ফিমু শেংপা ময়াম
থেংগায়নরি, ফুগায়নরি, মৈ হৌরি।
লৈচিলনা চংখি, লৈচিলনা লাকই
অরাবা কয়া হৌথিনি, সুংঙায়বা কয়া লাক্কনি
শিগনি খনবদা কিরবা
করম্মা পাংথোক্কনি পুন্সিগী থোদাং।

পুখ্রি অমদগী পায়খিব লৈচিলনা
লমদম কৈদা চৎখিবা
করম্বা তুরেল, করম্বা পাস্তা
নোংনা ঈশিং ওইনা তাক্লবা।
ঈশিং, মনিল; লৈচিল, নোং
পোকপা শিবা, চংবা
অবা মুংঙায় তাইবঙ পুক্নিদা
থৱায়না হল্লকনি করম্বা হকচাংদা
সংসারদা অমুক পোক্লবা
নোংমদি শোয়দনা শিরনি
শিরগা থৱায়না: কদায়দা চৎলিবা
লৈরমগনি থৱায়না করম্বা হকচাংদা।

# রেল গাড়ী তোংলুবদা

(১)

চেল্লি রেলগাড়ী ;
হুইস হুইস মুংশিংকী খোঙ্গেল
ফম্বদা রারবা রেলগাড়ী তোংবা
হিপফম লৈতে, ভুমফম লৈতে

(২)

মীনা কুক কুক ইম্মরি
ধর্ম্ম খুদিংমক তিল্লবা
জাতি কয়ানা পুল্লবা
সেকেণ্ড ক্লাসকি রেল দবানি।

(৩)

হুম্মাং মরিক মরিক মীগী মীনিল
অহিংগী মতম লাক্লবদা
খাংবদা রারবা মীয়াম
ঐনা য়েংলুই যাত্রিকশিং।

(৪)

মিং খুদিংমক উইরি উইরি;
কোক শদিংমক নোগ্নি নোগ্নি;

মরক মরক্তা শেয়বা খোজেলনা
মীকপ খোকহল্লি যাত্রিকশিং।

(৫)

তুম্মিংবনা লেকথনরবা মতম
পোথাবা লৈতে মাদি
পূন্সি চেংজেল থিরি
লাওরি "চায়-গরম-চায়"।

(৬)

থেংলবা অহিংগী মতমনি
পোক্লকম লমদমনা লৈহৌরে
লোইবি চীংলোন লাল্লক্রে
মৈতৈ তমপাক তুংওইনরে

(৭)

অথাপ্পদা উরিবা লুপাগী চীংচুম
ওইরম্মী অঙৌবা নোংগী মপৈ
মপুং কাররবা থাজগী মঙালনা
শেম্মি হিমালয় চীংশাং।

(৮)

লৈচিল থাংজ্রবা অতিয়াগী শরুক
জথম লৈতে, মমায় চামদে;
রেলগাড়ীনা থেক্লা খোয়না চংশঙুর
থেক্লা খোয়না চংলি মীগী পুকচেলসু।

(৯)

উরি সেকেন্দ ক্লাসকী দবা মনুংদগী
উরমগস্রা খল্লমগস্রা, ইয়ারকন্দিশন
কাষ্ট ক্লাসকী দবা মনুংদা কম্লিবশিং
সেকেন্দ ক্লাসকি অরা মুংঙাই রারি।

(১০)

খাবলনা ঈপোম হৌরিবা
চেক্লানা শাথপ তোইরিবা
মপাংলক্তগী চিংথহৌরবা
লমগী চেক্লানা মদোম খোংলিবা।

(১১)

লৈহৌরে লমদম তাম্মা
ঐগী লাইর, খাংপোকলং
য়োগদবা রাংলি হনসি কদায়।
শাংলবা পুন্সিগী লম্বীনি।

(১২)

লবুক লঙ্কাং, চীংয়া তময়া
খুঙ্গং কথা, সহর কয়া
কাওহনা চেল্লি, লেপ্পা, লৈতে
অথাঙবা উরি থাওমৈ পরেং।

(১৩)
তন্দলনা অহাংবা য়েংতুনা পাইরি
লেংদবা উপালনা লেপতুনা লৈরোই
লেপতনা চেল্লি রেলগাড়ী
লেপতনা চেল্লি পুন্সি ঈচেলম্ভ।

(১৪
ষ্টেশন খুদিংদা লেপ্লি
য়াংনা চেল্লিবা গাড়ীনা
লেপ্পা য়াদে পুন্সি ঈচেলদি
পোথাবা য়াদে তাইবঙ থরায়দি।

---

# ঐবু কৌরি

তুম্দগী হয়া হয়া লাওরক্লি
মাংদা চংশিল্লু; মাংদা চংশিল্লু
লাওরি ঈরৈপাক-ঈরৈপাক।
লেংবা য়াদে, অচৌবগী য়াথঙলি
দেশকী নিংতম্বা তাক্লবা
হিংলি ঐগী পুন্সি।

নোংম্বু-মুংশো, মৈ ঈশিং
অশোংবা নায়ক, খুন্তা নোংমৈ
নমদা নম্বো লুমলবা খোংউপ;
লানফমদা ভাইরি ঐবু থোয় ংনা
খুন্তা নোংমৈ পাইবাশিংনা
মরুপ নত্তে, য়েক্কবনি।
লানগী মৈখূ মরক্তা
হৌরবা নোংমৈগী খোজেল
মোংফমদনি মরৈবাকনিংবশিংগী
মঙাক্লগনি কিরুবা লৈতনা
মীকপ থোক্লরোইদবা খুত্তুমদা
ভুম্নি ঐগী মরুপ কয়া।
অরাবগী কিনিংঙাই লৈত্রে
মুংঙাইবগী মিহৌবা য়াওত্রে
লানফমদা চেন্নি "ঈ" গী ভুরেল।
মরক মরক্তা ভারি
ঐনা নাহেবগী মখোল
থবায় য়াওক্রবা হকচাং মরক্তা।
ভুংদা লৈরি ঐখোয়গী লাম্মী ময়াম
ইখুংসিদা হাংলি মাংদ লৈবা য়েক্লবা কয়া
লোয়বা নাইদে, মপৈ-মপৈ

ঐবু কৌরি "মোংফমদা"
হন্না হন্না কৌরি ঐবু
সুংদা শেঁকপা "ময়েঁকশিংতনা"

~~~~~~~~~~~~~~

# করম্না ঈশিং ওল্লিবা

অশাগী হিক্রুবাক্তা ফমহুনা
ঐনা হোল্লি "পুন্সিগী হি"
পাক্রবা তাইবঙ ঈপাক্তা।
তারি নাকোংনা, য়েংলি মীংনা
অশাগী নৌরেল পায়হুনা
হোল্লি "পুন্সিগী হি"।
পুক্লিংগী অপাম্বা মফম তাম্না
হিমায় চুল্লি, হিনাও শারি
পাক্রবা তাইবঙ, ঈপাক্ত।
ওন্থোকপনিঃ—
অশাগী নৌরেল পায়হুনা
তাইবঙ ঈপাক্তা হি হোল্লিবা;
চয়াংনা থল্লে, তিংথংনা থোক্লে
চংলু য়াম্রে ঐগী হিসে।
~~~~~~~~~~~~~~

পোথা-পোথা নৌন ইম্বোকই
হিক্রবাক্তা নৌ অমুক থম্মী
থাঙ্গোল খুঙা পায়হুনা
তপ্পা তপ্পা লেপ্লি চন্নাং মন্নাম।

সুংঙাইগে খনবা তাইবঙগী পুন্সিদা
অরাবা সংবাই, সুঙাইবা লাইতং
মায়কৈ মরি নৈচিলনা মস্রে
মায়কৈ থংজে, লম্মুররে "হিহোনব."।

ঈয়াইদনি :—

ঈথক্তা ইথক কল্লিবা
করম্বা যৌগনি লমঝুংকম
করম্ব লানগনি তাইবঙ ঈপাক।

পুন্সিগী অহানবা খোংচক্কা
এনা খনখি, লায়না য়ৌগনি
শোয়দনা তাইবঙ তৌর্বাম্বা।

পাকপ্রেদা তাইবঙ ঈপাকসে
লোয়বা থম্বা নাইদেদা
মীংকুপ অমম্ব লেপপা য়াদে।

লম্মুররে :—

তাইবঙ ঈপাক ঈয়াইদা
অকায়বা হিদা ঈশিং চংলে
ঈশিংবু শিংকহু, হিবু হোনগত্র।

লৈখোয়া মেয়ে, তাইবঙ ঈকুং ফাওরে
ঈয়াইদা ঈরাক্নবা তারে " হিহোনবা "
তাইবঙ হকচাং পুম্নমক ঈশিংনা থুরে

মৈরি থোক্তে, মশক উদে
লেপ্পুনা চাক্লি মৈদি
অঙকপনি তাইবঙগী হকচাং।
মৈ চাক্লি, মৈশা কংঙি
তাইবঙ মৈচাক্না মুংলগা
করম্না 'ঈ'না ঈশিং ওল্লিব'

# কৈদনো নংবু

কৈদনো নংবু শকউদবা
মিংথেংগী রাংমদা লৈরিবা।
নংবু থিরি লৈতবা নংবু
নশক্তি উদে, মগুন্দি তারি।
নুমিৎ থা থরানমিচাক মরক্তা
নোংথাংনা জগোয় শারিবা;
মৈ ঈশিং মুংশিংন্নু
হেনবা য়াদে, রাংপা য়াদে।

নংনদি উরমগনি ঐখোয়বু
ঐখোয়নস্থু থিরি উদবা নংবু।
মুংঙাইবনা কাওরি, অরাবনা নিংশিংলি
অহুবু নংদি কনাগীস্থু নত্তে।

নংনা শেম্বা মালেম্রি
নংগী তাইবঙ ঈপাক্রি;
তিল্লনি নংগী মালেমদা
তাওরগনি নংগী ঈপাক্তা।

নংগী তাইবঙ লৈকোলমুং
লৈরাংনা কুগায়না শাংলে।
মালংনা পুরি, লৈনম্মা থিরি
কৈদনো নংবু শকউদবা।



# লৈহৌরে নংগী মিংচংনা

অকাওবনা মীবু ৱাহন্নি,
অকাওবনা মীবু পোথাংল্লি।
কৎববু কাওথোকপা
অফবনি খন্নরি।

অফববু নিংশিংদবা
অমাংবনি হায়নরি।
নিংশিংদুনত্তা লৈবনা
কয়াদা রায় চিল্লবা।

কত্তবা কয়ানা কাওখিনি
অফবা কয়ানা নিংশিংগনি
হয়েং ঐখোয়না শিরগা
নিংশিংলরে হ ঐখোয়বুদি।

শিদ' উপাল থারম্বা
মিংচংকী উরোং খিল্লম্বা
থরায়না পোম্বা ওইখিবা কয়াম্বু
তুম্না নিংশিংলি ঐখোয়না।

শিগনি খনবদা কিরবা
কনাগী খম্নোয়দা কোংদোক্লখত্রবা
মিংচৎ কংবা মীওই কয়াগী
লেংদনা লৈহৌই "মিংচৎ"না।

শিয়বস্থু মিংচৎ কংবা নুপাওঃ
হিংলি নংদি ওসিস্থু
লৈহৌবনা লিয়মগনি অয়াকপশিংদা
নংগী রারি শীংবুন কয়াদো।

অচাম মীরায় খায়রবা
কম্বা চন্নগা হিন্না চনবা
শীচং লৈত্র ভাইবওদা
লৈয়াংগী লৈকম লৈত্রবোই।

অহুঙৈগী :—
"থাইনগী লৈয়াং"
লৈয়াং শাংখি সোয়বোল খিংঙেল
উয়িপোক লমদম লমনুংশি।

শিঙেল ইন্দুনা লৈহৌরে
লোইখা নাইদবা, মুংপা লৈত্রবা
"খম্বা থোইবীগী" শৈরেং
মিংচৎনা লৈহৌয়ে, শৈরেংঙনা চৎল্লে।

খোংখিত্রে কাকি কোকিল
লাংথবাল কোম্বং, চন্দ্রনদ্রি ফুরেল
নিংথায়রে মল্লবা ফুরা
মাংখিগদৌরে "লৈপরেং"
মতম-মতং হুংলে লৈরাংবা লৈত্রে
লৈরম্নবদি লৈখোং শ্রোম্না
লৈনম চেনখিনি লৈরাং;
লেংখিনি পরেংদা "লৈ পরেং"
"থাইনগী লৈরাং" লৈনুংশি
পরেং লেংগে "লৈপরেং
হয়েং শিরগা কাওখিনি
অকাও পরৈ চনখিনি।
লৈরাংনা শাংলিভৈ,
লৈনম্না শাম্না চংখি;
হিংলিভৈদস্থু খংবিত্রবশিং
হয়েং শিরগ কনানা খঙবিগনি।
শিদবস্থু মাররোইহনবা
নোংমা শোয়দন শিরগদবা
নিংশিংলবোই, কাওখিনি খনবদা
শিনি খংনা শিনিংঙ্গবা এরোমনি

কাওজনথিবা মীওইবা
কাওহৈদবশিংবু কাওরবা;
করম্না নিংশিংগনি ঐখোয়বু,
ঐখোয়দি শিরগা লোয়রে।
মিংচং ফংবা সুপাও!
নংগী থরায়না লাইরমলেন্দা।
লৈহৌরে নংগী মিংচংনা
ভাইবঙ মীরমলেন্দা।

# চংজরি নংগী খুয়াদ

মিং তাংবনা মিং তাংববু লমজিংবা
কয়া শাংন চংকনি মিং-তাংবনা।
ফজবা পামদে মিং-তাংবনা
তানিংঙি সুংশিবা ঈশৈ।
না-পংবা অনি মা তানরি
করি তৌশিগে থমরি!
উপায় লৈতে মিংকী কুশৈ নত্তনা
উপায় লৈতে ফজবা য়েংবা নত্তনা।

লোল খোক্তবা অনি ৱারি শারি
কবিবু হায়সিবা, করম্না খংহনশিবা।
খুদোম্বী অনি কোৎনৱি
খৎপা য়াত্রবা লৈ মরোল খোক্ত্রবা পুং
ময়া তেকপদা অকনবা পিজবা
নোংমা ঐখোয়সু অহল ওইরনি।
মিৎনা উরি নাকোংনা তারি
চিন্দা চারি হিংন-নবা।
চিন্দা চংখি মাংব লৈতে;
ৱাহৈনা খোরকই চিন্দা।
কনাবু কহল্লি, কনাবু মাংহল্লি
চিন্দগী খোরকপা ৱাহৈনা।
শোয়বা য়াত্রবা তাইবঙদা
করম্না লেনগনি ঐখোয়গী পুন্সি।
খংদববু খংহনবিরিবা
উদববু উহনবিরিকা;
তাদববু তাহনবিরিবা
ঙাংদববু ঙাংহনবিরিবা;
নংতনি ঐখোয়গী লমজিংবা
নংতনি ঐখোয়গী "ঈশ্বর"।
নংগী মায়া সংসার ঈপাক্তা
হোৱেল হোৱেল, হয়েং হয়েং

মতম্না অস্নুম অস্নুব চংশি
ভৌগদবা থবক্না অস্নুম লৈহৌই।

পাপপু লানবিবা ঙবা—
পূন্সিগী লম্বী তাকপিরিবা;
মপো:ক লাংওন অমগী
চংজরি নংগী খুয়াদা।



# পি-থাদোই

(১)

নংনা করিগী বারিবা
নংনা বারগা হলকত্র মানা;
বারিবা নংনা শিবস্নু ঙমদে
অশিবা মাগীদমক ॥

(২)

শিবা ঙমত্রব বারিবা নংস্নু
নোংবা শিরনি শোয়দনা।
হিংবা ঙমত্রবা অশিবা মাগীদমক
বারিবা নংস্নু শিরনি নোংবা ॥

(৩)

অকোন অহানগী বার্তনি
লিলনা মকু হুরিবা
ঐনা তৌজবা থবক্কী মহৈ
ঐনা শোয়দনা ফংলনি ॥

(৪)

থাদোইনা কপ্লি, থাদোইনা খোংলি
অহিং চুপ্পা কৌরি মশা‍ৗব
থাদোই ! থাদোই! পি থাদোই !
করিগী খোংলি চেক্লানা ।।

(৫)

কায়দোংকম থংগ্রবি
মপাং-কায়নরবি
হাদ-চেক্লা অপিশক
খোঞ্জেল হৌনা খোংলিবি ;

(৬)

য়াকচিংগী উয়েন, অয়ুক্কী লিক্লা
ভয়: তুম্রে মুংশা মওান্দা
শগোলনা চেল্লি, উফুলনা পাইরি
নৈচিল তাক্লে; উফুলনা তারকনি মালেমদা

(৭)

নংনা করিগী তেংথারিবা
উকৈ অমদগী, উকৈ অমদা

অহিং চুপ্পা চেক্লা নদোম
করিগী চেন্না চেন্না খোংলিবা ॥

(৮)

ঈচিক হল্লবা মালংদা
ঐস্থু য়াওরে নংগী অন্নাবদা
মীকপ থোক্লে তুমখুন হুৎবা তাইবঙ

(৯)

নংনা করিগী ব্রারিবা
নংনা রারগা হল্লকত্র মানা।
নাম্থোকপা য়ারোই, চেন্দুনা হিংলোই
ব্রারিবা নংস্থু শিরনি নোংমা।

---

# করিগী ঐবু হাৎকে খল্লিবা

অমম্বা সংসার থাদোক্কুনা
উনিংঙ্ঙি ঐনা অঙানবা তাইবঙ;
ঐস্থু চৎলে নংনা চৎপা খুদিং
ঐবু পুবিরে নংনা চৎপা মফমদা
চারে চায়, হুয়ে, হুম্বী;
করিগী ঐবু হাৎকে খল্লিবা

থৱাযগী থৱায়নি মীনি ঐস্থু
লোল থোক্তে ঙাংব হৈতে
ঐনা অমম্বদা হৈরিবৈ
অঙানবা সংসার উক্রীবৈ
করিগী ঐবু হাংকে খল্লিবা॥

নখোযগী ভুংগী আশানি
মাংগী ৱাবু নিংশিংদা
ভুংগী ৱাবু খল্লুদা
খংদবনা নখোয়না ঐবু
চয়াম পোকপা চয়াম পোকপি;
করিগী ঐবু হাংকে খল্লিবা॥

ঐগী অৱা মুংঙাই পুন্সি
ঐগী ৱাখল, মমিনি ঐদি নখোয়গী
মিংশেলনি ঐদি নখোয়গী,
ঐবু হাংকে খন্নবা, লোম্না-লোম্না ঙাংনবা
লোম্না লোম্ন। তারি অয়োনবশিংনা
করিগী ঐবু হাংকে খল্লিবা।

# চেক্লা পাইখৎবদা

মোংমগী কোয়ৌ হুমিং
কালেনগী মৈশা থাংজমদা,
মমাং পাৎকী খোংনাং মরুম
পোথাকই ঐনা ইদোম চীরু
উখি ঐনা অহাঙব অতিয়াদা
লমগী চেক্লা অপিশক;
চেক্লা মাবু উক্লৈঞ্জে,
থম্মোয় ঐগী লাংতৈক্লে।

ঈশৌ লাংবা তাইবঙদা
পোথাকম নৈতে ঐগী
নংনা পাইব উরগা
পাইনিংঙি এশ্লু নংগুম।

তাইবঙ পোৎলুম পুরে
চৎনবি য়াংম লানব ঙমদেদো
নংনা য়াংনা পাইব উরগা
থম্মোয় ঐনা খোয়দাক্রে।

নয়ুম নৈতে বাঁধব
নচা নগুগী খন্দব;
চেক্লা নংবু করিনো
নংনা করিগী নাইতোম পাইরিব।
নংবু নপাঙ কায়নরবি
শঙ্গলকুগী চিথহৌরবিরা।
নংনা পাইব উরগা
থম্মোয় ঐগী লাংতক্লৈ।
মীওই পোকপা মপোক্তি
মচা মগুগী খল্লিবৈ;
খোংদা থৌরিনা পুল্লে
পুল্লি বল্লি ওইরেদো।
''মুংশিবা" কৌবা তমখিব
মানা ফাজিল্লে ঐবু।
চেক্লা নংগুম পাইনিংঙি
মালেম থুংনা কোয়নিংঙি
চংপ গুমল্লে ইখোঙসিনা
উব গুমল্লে ইমিংশিনা।
তাইবঙ মীয়াওখোল তানিংদা
ইদোম চীক্লা কয়গা;
চেক্লা নংবু য়েংজব
নংগুম পাইব গুমল্লে ঐদি।

কালেন ৈমশা মৱক্তা
মালংনা লিরি ছুম্নকপা
ৱাখল ঐগী পোথাদে,
পাইরি মৈৱাম্বী কয়া ॥
নংগী কান্নবৱ থনবদা
কৱিগী মীবু মাংহনগে থল্লি;
মীবু ইকাইবা পিৱগা
কৱিগী ইজ্রৎ হেনগনি থল্লিব।
শাখপ তোয়ৱা চেক্লাও
চেক্লা নংদি থন্দবোৱ;
থন্ন-থন্ন ঐদি লম্মূক্ৱে
তাইবঙ্ ৱাখল থোক্তে।
শাগল ভুকাং ৈয়হনা
নোংদোল খেংনা পাইৱিবা,
লমগী চেক্লা অপিশক
ঐগী থম্মোয়গী পাওখুম পিৱমখো।
চেক্লা নংদি নাপংবি
মম্ন লৈচিল নোংকাম্ব মৱক্তা,
মালং তাম্বা চাননা
জগোম্ন খুথেক তমহনা;
ঐগী ৱাহং তাদনা
লোইবি চীংলোন লাম্নবোই।

খংজরে ঙসিদি—
লমগী চেক্লা অপিশক,
থরায় চেক্লানা পাইগ্রবদা
হকচাং পোল্লাংনা কৈদৌননি।

———

# তাইবঙ কৈথেল

হুম হুম হুম নাউথেল্লি
থাবুম তরাগী তুংদা
মমানা মচাবু থেল্লি
নাওতুম ঈশৈ শক্লি।

রাজরি মমানা মচাগীদমক
মচাবু য়েংনা য়েংনা লেল্লি
মচাগী মোমোন মিনোক্লা
য়াওজরি মমা ওইবিশিংনা।

করিনো তৌরিব অসিবু
ঈথক অমদা তাওহুনা
ঈরাং অমদা চংলে
করি ওইরনি তাইবঙসে।

অঙকপা মতমগী য়াওব্দা
অঙানবা সংসার উরগা
পলেম্না য়ারকপা খল্লুদ
পম্বোগী অরাব নিংশিংদ;
ফওবী মায়থোঙ পুন্না
ঈরাং কৈথেল কারত্রা।
ঈপা ঈপুশিংনা হায়রম্মীকো
পেম্মা য়েলহৌ ফবী;
অহোং অচাওব তাইবঙগী কৈথেলদো
নৈবা লাকপগা য়োনব লাকপগা
লোয়ব নাইদবা তাইবঙ কৈথেলনি
ভূংগী পোলোই য়েংজহৌ।
কৈথেল কারকর্ন কৈথেল কুমথিনি
কনানা পোংশিং ফরিব;
কয়া মাংলে, কয়া তোংলে
অমাং অতোং তাইবঙগী কৈথেলদ।
শেন্দোং ফংবনা হরাওরিবা
মায়থোঙ মল্লে অমাংবা কাংবু;
নৈবগা, য়োনবগা নৈবগা য়েনবগা
লেম্না য়াদে তাইবঙ কৈথেলদি।

কালিনা মল্লবা কৈথেলদা
চাওরব পোহোলগী মৈরাদো
হেনকত্রব মপু মাগী থৌদাদা
থাউনা কংলগা মুংখিনি।

তাইবঙ কৈথেল থম্নমদাই
কজব শক্তী মীহৌলাংদা ঙাওজব
মিৎয়া অনিনা উরকনিকো
মশেল-মরাং মমি শামি।

পুন্সি চেংজেল লোইরকপা
আশাগী মৈরিনা মুংখিনি
থাম্বী মৈনা মুংলমদাই
থমুংগী লম্বীতবু থিরকনি।

থোংঙাক মচিথেল
মকোয় মুংওল চৌং
মাবন কে লাওবা চৌং
থমুং কিকোয় ললোনবী।

নমু তাইবঙ পুরগে থল্লকপা
তেরা মোম্পাক থাদোক্লনা
লাহু মহুপ মোনথাংনা
কুরেল থক্তা নোংমদি য়াতায়নি।

শীংখল ভরেং মৈতৈগী
চুথেক মরি চান্দরা
খরায় য়াওব্রব হকচাংনা
চৈনা খংলোই, মৈশা লাংলোইদো।

য়েংউ! অঙৌবা খাকলনা পাইরিব
মৈথুনা কারি লিরি লিরি
হুমায় হুম্নি মরক মরক
মৈরিবা চাক্লে মৈখোল খোক্না।

অয়ো হায়ব্রব তাইবঙগী হকচাং
চীতা খকী কুন্দো পরেং
ওয়্না ওয়্লে উংকি মপৈ
মৈতান্না ন্নাখৈরে, তাইবঙ কেথেল খয়েদো।



# সহর লাকপদা

(১)

শামু শজি শঙায়
উমংরামং-উচেক রায়া ;
চরোং-হাবুঙ তম্নরাই ময়াম
ঙম্ন মাংক্রে মহৌশাগী ।

[২)

মী কিদে লাই কি
লাই কিদে মী কিবে
মীনা মী হাংলে
লাইনা মী হাক্রে ।

(৩)

মঙাল লাকপদা অমম্বনা চেল্লি
সহর লাকপদা খুঙ্গংনা চেল্লি,
খুগায়বিরে মহৌশাগী কজবা
কায়কৈ খুদিং খুশেম চংক্রে ।

(৪)

ভুমিৎ থোক্লি, থরানমিচাকস্থ ঙাল্লি
থম্মা খেঙ্গোং, লাইজম্নুংগী থারিকথা
থাবলগী ঈপোমদা শাংলি নৈরাংদি
থাদদি মীনা তাবা হৌরে।

(৫)

থাশিগী অহিং, বিজ্লি থাউমৈ
শোংপেক মীনা মীদ তম্লে
চীংখোং চীংয়া লমহুইনা খোংলম্মী
থরান থাদ তাওবা হুইনা কপ্লম্মী।

৬

তম্মরাই কিদে, অঙাওব হুই কিদে
মীনা মী-কি, মীনা মী কি;
মীনা মী নৈহৎলে
মীনা মীবু কিহুনা চেল্লে।

৭

লাকনি সহর, হল্লকলয়োই খুঙ্গং
মাংগ্রে খুঙ্গংগী ফজবা
নোংঙাল্লকপদা কাকি লানবাও শিনখিল্লে।
নোংঙৌবিনা লাইজ ঈশিং ঙাইখিল্লে।

ইপা-ইপু হোরকফম
হঙোইনা ঈশৈ শক্লিবা
কৌক্রু চীংদোল লৈরিদো
অচিকপা লৈরে; চীংদ মান্দ।

৯

লম্নোং খুদিং খোংনাং পাখী
তোংখিদ্রে লংজা হমুবা;
অরাংব লৈবা য়াদ্রে
পায়রে য়াওনগী ফিরাল।

১০

অনি থোক্না চীংথায়রে
পুম্নাং লাংলে মালেমসে
সহরগা খুঙ্গংগা, ইনাকখুনবগা লাইরবগা
অচিকপা য়েংলুসি, কৌক্রু চীংবু কাক্লসি।

১১

চীংয়া তময়া লমহুইনা খোংদরে
তম্নরাই কিদে মী কিরে
উখোং খুদিং লাম্নী মযাম
সহরনা লাকপদা খুঙ্গংনা চংখি।

# করিনো তৌরিবা অসিবু

য়েক্লবগী চৈকু, নোংমৈগী খোঙ্জেল
ভুডিসয়ারিগী নিংতম্ব লৈত্রবা
করিনো তৌরিবা অসিবু।

ইম্ফাল, ঈরিল, নম্বূল তুরেল
তুরেলগী তোর্বান মৈখুনা মল্লে।
লৈচিল নত্তে মৈখুনি।

হকচাং পোল্লাং অথৌবশিংগী
চাকথেক্লে মৈনা
মোংফমদা পাইরি মৈখুনা।

লৈনা লৈনা অহাংবা অতিয়াদা
পাইরি চিডাগী মৈখু পরেং
তিনখি মৈখুনা লৈচিল্লকা।

লোইবি চীংলোন লাম্না
পাইখি অথৌবশিংগী মৈখুনা;
মৈখুনা পাইরি মালেম থুংনা।

পারি কায়না মৈচাক্সা
ইমোম শেংনা রাখলনা
তোর্ব্বান লৈচোয়থক্নুদা ;
গুমা থোইনা খাংলিবি
শম্লাং কারবি ইমা !
অথৌব পোকপি পলেমও !
কায়ন রাখলনা চাওরক্র
মোংফমদা কৌরি মচাবু
থম্মোয় কায়র খোম্থাংদে ।
খাংবদা রারবা মচাশিং
লানজব্রবী মমাগী অরাব
করম্না য়েংগনি মচাশিংনা
থক থক নিক্লে মালেমসে
অহিং সুংথিল থংক্রে
তারি থবায়গী তেংথাখোল ।
হোরেল থংদে হয়েং থংদে
মপারি ময়াম সড়কী য়াংবীথক
কিন কিনা থরায়বু পুক্নুনা চংলিব ।
পোকপগী মতম হায়বা চুমদবগুম
শিবগী মতমস্থ লেপ্প চুমদে
থরায়না লৈরি নোংমৈ চীক্নোম্না ।

কৈথেল কায়রে, সাইরেল খোংলে
লান্মী ময়াম, মীয়ামগী লুচিংব
ওয়া লোশ্নুনা লৈরে নোংমৈ মরুমদা।

মফি মরোল থংদে
থরায় পুহ্না চেন্নি;
মুপি-অঙাং, ইমা-ইবেল

হায়দোকথি অমা অনিদং
অশোয়বা নোংমৈ মরু
থরায় মাংলে মরাল লৈতবা।

চৎলে চৎনা ফম্মে ফম্মা
শিরব মতমনি মতমসে
চাদবদি য়াদে, থক্রবদি য়াদে।

অহিং ওইরে মীপায়রে
পিশক পিক্লে ঐখোয়গী থরায়;
লমতুপ থুদিং শেন্নরি মীবু মীনা।

নোংঙাল্লে খোইরবা লোলনা
লাওরি খোরকউ, খোরকউ
মুপা মখৈ লোয়ন খোরকউ।

ফুলগী লমপাক, থুলগী মনজাবুং
মুপা ময়াম পরেং পরেং
ফম্নি তুমিন তুমিন।

উপায় লৈতে ঐথোয়পুম্বা
ভুমিন্না লৈবা নত্তন
জোরোগী থোজালদা হিংলব ঐথোয়নি
লুচিংবগী মচুং ইল্লি ককচেং ময়াম
মরি মরি চংলি লাম্মী ময়াম
খিরি মীরোং য়ুমথোঙ খুদিং।
মপুং কারবা মীয়ামগী শাসন
অঙকপ মতমগী য়াওন্নি
করিনো তৌরিব অসিবু।
মুং অনিগী মরক্ত
চপ্তুনা লৈরবা কংলৈচাশিং
লমদম কৈদবু চংশিব।
থাউ গুমগুম গুমলে
কদি করা গুমগুম গুমলে
করম্না থাংসিপে ঐথোয়বু।
চানবনা খিন তাংলিবা
নোংমৈ মরুনা করুনা হোংলিবা
থবায়না লৈরি নোংমৈ চৌন্দোম্বা
হিংসা অহিংসা, শান্তি অশান্তি
কৈদনো মীয়ামগী শাসন
করিনো তৌরিবা অসিবু।

অঙৈংবা লৈবাক, অহিংসাগী লাইরেম্বী
কদোমদনো লম্বেলহৌবু, কৈদনো নংবু
পায়হনবিরো শান্তিগী ফিরাল।



# লাইবক্ল-তম্ব

অঙকপনি "লাইবক্ল তম্ব"
মিং-তাংবস্লু নত্তে, কান্দুনা চংলি
ভাবা সনা-লুপা:
উয়ুং অমদা ঐনা খুদি থিরি
মীনা খুদি থিরি লুপা থাওজাওদা।
বাংলর দলাল করা
কলিকতা, দিল্লি, বোম্বে
মরক্তা "ইস্কালগী যুম মচা-মচা"।
করব পাম্মী অহাওব চানিংঙি
মোহু ঐগী লাইবক্লদি তম্বে।

ফজৈদা আগ্রাগী তাজমহল
শাহাজহান-মমতাজগী মোংফম
সুংঙৌগী চাওরব ফুরা।
মনাইবুদি কনানসু নিংশিংবিদে
কুম্লি ময়ামগী হৌগ্রবা পুন্সি থল্লুদে।

লৈমা নিংথৌগী ফজবা
সুংঙাই রারি কয়াদো
কাওবা লৈতে যাত্রিকশিং।
মঙলাল অমগী ফজব মঙ কয়াদো
মীকপ থোরকপদা অমতসু লৈরমদে।

ফজব মঙ কয়া কয়ানা মাংখি
অয়ুক্কী লিক্লা, কুমগী নোংহৌ লাকপদ।
মদোম নিংখায়খি লৈঙোয়গী ফুরানা।
কোম্নব লৈতে লাকপনা তরা
চংকদবগী ঙাইরিবনা চামনি।

কন্না শুরুই কন্না নোম্নুই
লোটরি য়াওরুই, হাউসি য়েংলুই
কাওব লৈতে কংব লৈতে।
নোম-নোম শগায় নোম
ওস্তোকপনি কোঙেং কোকফায়।

চাদবদি য়াদে, থক্তবদি য়াদে
হিংদব-য়াদবগী হিংলি
উপায় লৈতে লাইবক্কা তমত্রবদা।

# হৌদোং মচা

হৌদোং মচা শাম্নরি,
লিল মচা জগোয় শারি
থেরু-থেরু চৎলি ।

তপ্ন-তপ্ন কাল্লি
তপ্ন-তপ্ন চৎলি
মখোং মরি হৌদোং মচা ।

মাগী খুবাম থৌরব খুজিল
কিৎ নম্মী তাক থাই,
লিলনা কাম্মী "খু-খু" ।

মাগী মিৎ-মাগী খুৎ
কাওথোক কাওশিল
তাম্বোক তানশিলগা ;

নিংশিংলকই "মতমগী লৈশেম্বশিং"
থৌনা ফব "হৌদোং মচা"
মখুৎনা লিলবু পাম্নরিবা।

পিক্লবস্নু মচুপানব
মাগী মশক, মাগী নাপল
ঐনা কি "লিল মচা"।

শরিৎ-শারা "হৌদোং মচা"
মিৎকি কুম্মৈ কেরেট-করাটি
ফন-ফন চোংঙি "হৌদোং মচা"।

তানজা য়েংঙি লুমহুনা লৈরি
মথেক-মথেক কোল্লি
মকোক লোংলি "লিলমচা"!

চীং লেম্ন কম্মী
কেক্ল-কেক্ল য়েংঙি;
কনা কনা লাকই য়েংঙি।

মুনা মুনা য়েংঙি
লোম-লোম য়েংঙি
ভুমিম্না কুল্লি "হৌদোং মচা"।

লিলনা থল্লি—
হায় তানজা অমনি
চেলহৌরশিরা ঐবু।

মকোক থজিক্কং কাংথংলি
মরৈ হাঃ হাঃ তম্মি;
জিরি-জিরি চেল্লি "লিল মচা"।

শরাক কৈবা "হৌদোং মচা"
মনা অনি চপ-চপ য়ুংঙি
মমিৎ মনা তথক-তথকই।

মকোয় ময়াম ফ্রিং ফ্রিং চোংঙি
কন চোংশিল্লি কিং নম্মী
ময়ানা কক চিকই।

য়াখুন তাদে, মকম লৈতে
'ঈ' থোক্তে, অশোকপ য়াওদে
কয়া চৌক্লিবা, কয়া ফারিবা।

উপায় লৈতে "লিল-মচা"
থেক্ল-থেক্ল জগোয় শারি
অমুবা মরৈ হাঃ হাঃ তম্মি।

অমুক থাদোক্লনা শাট্টম্ন
জিরি-জিরি চেল্লি "লিল মচা"
তাপ কায় "হৌদোং মচানা"।

বারব 'লিল মচা'
ফত্রাক তারে শুমাংদা
থেক্ল খোয়না চৎলম্বা;

শিক্লম নাক্লম, শিক্লম নাক্লম
খজিক খজিক তিংথোক্লকই
মমৈ অহু লেংলি লেংলি তৌরি

মতমগী খোংচৎ তাকপর'
থবায়না হেক্তা চৎখিদে
লিলগী মমৈনা উৎপরা।

"হৌদোং মচা" শাম্নরি
মখুৎনা তপ্ন পায়
শিরত্রা য়েংভি "লিলমচা"।

ও: মতম অমা লাক্লে
ইশানা ইশাবু কনজব
ইশানা ইশাবু ঙাকচব।

মতম অসি অপংব লৈব য়াম্রে
অকনবনা অশোনববু ভুহংলব
মীচং শোনব য়ারব মতম্নি।

মহু পানব ওইরবসু
শিহম্নিংদে অপিকপ "লিল মচা"
থরাম্ননা অশোনববু মতেং পাংনিংঙবদা।

লাকই য়েনবা অচৌবা অমা
খুমু শাংব য়েনবা অচৌব
মমৈ ফিরাল শারে "হৌদোং মচা"

থমকা তৌই, কৈনা লাকই
কোক কোক থোঙই;
ফল চোংহুনা চেনখি "হৌদোংমচা"।

মীচং অমা লৈরবদা
থৌনা করকই "লিলমচা"
জিরি জিরি চেনখি নারক।

থেক খোম্ননা চংলিবশিং
শিরমদাইগী মতমদদি
ঙম্ন শুভাব ভিংলনি।

"হৌদোং মচা"গী হৈশিংব
শাহৈ শারা শেং-শা
লৈহৌরে ঐগা থম্মোয়দা।

# নিংতম্বগী ফিরাল

মাংদা চৎলিব লময়ানব
হয়া 'মুক্তা য়েংলমখো
অশোংব চীংদোল, ভুম্বব লোক্লুং
করম্না য়োৌগনি, বাখলগী পন্থুং।
লাক্লি মীয়াম, কারক্লি চীংদোল তম্ম
হায়দোকসি অশোংব নারক
মালং খোংলোই তুং-ইন্না
পাইহনসি ফিরাল নিংতম্বগী।
অশোনব কনা লৈহৌরি
'তুংদ কনা লাকহৌরি
হয়া অমুক্ত য়েংলমখো
চিংখৎসি চীংদোল তম্ম।

অমম্ব অহিংগী মৈরা
অশোংব নাংরকী খুংলায়
করি রাংলি ঐখোয়গী
রাংপা য়াদে অমত।

কয়া চংখ্রে, কয়া অমা লাক্লি
খুত্ত মৈরা পায়হুনা
রাথল লিশাং থাহুনা
ফিরাল মখোংদ লেপ্লিব

থৌনা ফব মুপাও!
ভুংদা কনা লাকহৌরি
পোক্লফম ইমা!
পোইরৈ লমদম লমমুংশি।

ভুরেলনা থেক্ল চেল্লিব
লাইজ ঈশিংনা চোল্লিব
ফৌনানা জগোয় শাব্লিব
করি রাংলি ঐখোয়গী।

থৌনা ফব মপারি
লৌশিং লৈবি মঙ্খোঙ্খোয়
চয়াম পোকপি ইমানি
মাংদ চংলিব ভুংদ লাক্লি মীয়াম

নাইতোম বাখল থাদোকুনা
পুন্সি লখী তাকলমথো
লেংলসি লংলা অমদা
পুন্নসি থৌরিনা নিংতম ঐখোয়গী।

ঈথক অমদা তাওহুন
ঈরাং অমদা চৎলিবশা
মতম অসি হৌখিদৌরে
পুন্সিনা সন্ধ্যা ওইরনি।

হৈঃ হাঃ হৈঃ কাঃ খোঞ্জেলনা
লাওরসি অমত্য ওইব খোল্লাওদা
পস্থৌ নিংগ্রি তাখৎলো
কারসি চৌংদোল লোয়

অরাব বাখল থাদোক্লো
সুংঙাইব বারি শারসি
শক্লসি ঐখোয় পুম্ব
নিংতম' ঈশৈ শক্লসি।

সুংশিত্র য়েংউ
রাংলব চৈগী মতোন্দা
মালং খোলোয় ভুংইরা
ভনিক ভনিক পাইরিব।

ফিরালনা জগোয় শারিব
রাংন-রাংন পাইনিংঙি
কাজিনবিরে থৌরিনা
নিংতম্বগী ফিরাল ঐখোয়গী

---

# ঐবুঙ্গু তম্বীয়ু

কুপফেং কাফেং থরানমিচাক
কেকু লোংপি শাম্নরি লৈচিলক্কা
মায়কৈ তাক্লি "ধ্রুব-তারা"

থেক্ক খোয়না চেল্লি
থাবলগী অহিং-নিংথৌতুরেল;
চয়োল তক্লেংস্তু থোক্লি।

তগুপ-তগুপ নিক্ক-নিক্ক
তরং-তরং জগোয় শারি
খোংজোম সুবি ময়াম।

ঈংলৱ থাগী লৈবাক
থারৈবাক্কী থাজও।
করিগী নংনা ঈংনা মেংলিবা

থাজ নংবু য়েংলুই ঐনা
নোংমন্থু "শাওব" উথিদে
অহিং চুপ্পা মোমোন নোক্লম্মী।

থাজ নংবু উরুবে
থম্মোয় ঐগী নুংওন্নে
নতৌ তমগে থাজও !

ঐবুন্থু তম্মীয়ু নংগী অঈংব
মীগী খোন্জেল, মীগী মীনিল
লেপত্রব ঈন্জিল মখোল মরক্ত,

থবক পিয়ু, থবক পিয়ু !
লাওরি নহারোল ময়াম
লাওরি থবক ফংদবশিং।

মেচিন্ন মুনগ্রে থবক।
ঈন্জিলনা খোয়রে লৌবুক
থবক্ক লৈবক্তে, মীনা চিলহাও খিরে।

চরাংনবা তাইবংদা
তাইওয়রে অঙ্গ'ব মায়থোঙ
তাইহন্দ্রে খোঙ্জেলসে "থবক পিয়ু

থাশিগী মম্মব অহিং
নতারোই ময়াম লৈহৌরি
নংনা লমদম কৈদ লোংলুব।

অহিংগী মকু লমলক্কী শা
হুরানব কাংবু, অরোন খুৎপু
য়েরুব ওইরি নংবু।

হৈরাং পাম্বী ফজব
লৈরাং পাম্বী নিংথিব
নংগী নঙাল য়েংন;

পোথারি শাবি থাঙৌশিং
সুংশি ঈখৌ লাংব কয়াদো
নংতবু ঙাইরি খৌরাংনা।

থাজ নংবু য়েংন-য়েংন
পুক্লিং ঐগী সুংওঙ্গে
পেনব নাইত্রব তাইবঙদা;

মুংঙাইব হৈত্রব, শাওগল্লব মীওইব
ঐবুস্থু তম্বীয়ু ঃ—
থাজ নংগী অঈংব।

---

# য়াঙ্গোই তোংবা

১

য়াঙ্গোই খুরুপ থাহনা
খুজি চেংনা পায়রিব
শগোল তোংব তাদও
য়াদত্র নহাকপু

২

শগোলনা য়াংনা চেল্লিবা
নংগী নতৌ উরুদৈ
কোকপু ঙাওরেদ তাদও !
খাংবু তেঁক্লে ঐখোবদি ।

৩

শাক্তৈ খুম্ভা পায়হুনা
মুপি অঙাং তাম্লিব;
পাখঙ অঙাওব ফুরিব
চেৎনা পায়য়ু তাজহৌনিকো।

৪

নিংথৌ মনায় অচানব!
মীনা মপান করিঙৈ
তাইবঙ চৈনা কাওহিঙৈ
ভুংগী পোলোয় য়েংনরি।

৫

নিংথৌ ঙুম অঙম
কাওরত্র ইমাগীদি ইবুংঙো
সাহেবকিদি পূজারি
নিংথেমগীদি শজিক্লোই।

৬

শিনি খন্ননা পাম্লিব
কাব মতোল লোয়গা
কুম নাইব তাইবঙদা
নচা নওনা থাম্মীব।

৭

তাইবঙ মীওইব মপোক্তি
ওমরগী মপোক নত্তেদে:
ঙসি শিনি পাওতাক্তে
হয়েং শিনি পাওজেলদে।

৮

য়ারা কামজাও হুল্লিব তাদও
সুমিংনা নারল পাবোং লোঞ্চিদৈ
ঈথক্না ঈপোম হৌরিদৈ
তুংগী পোলোয় য়েংজহৌ।

৯

মমাংদৈ' লৈম কোনগী ফজব
নিংথৌ মাগী থোগলোল;
লোলগী লঙ্গে চোনব লৈবাক্ত
নত্তৌ কমগে ঙাইরিদো।

১০

থকশি খাশি নাইত্রব
পারি-পুরি থংত্রব
চরাংন্দরব খুম্নায়দা
শাজৈ থাগে থল্লিব ঈয়াম্বও।

১১

য়াঙ পাদবী ঈয়োলনি
কজব "লোল" না তম্বীয়ু
নিংথৌ মনায় অচানব
ঙকচাও থেকপা তাদও !

১২

য়ায়া কামজাও ছনগনু
নংস্থু মীনি কাওগনু
মপুনা য়াদব হুমিন্না
মীনা মীয়ক্ত তিল্লনি।

১৩

শিরগ লোয়রব তাইবঙদা
অনিরক শিগনি ৱারিব
মপুনা য়ানব চৎলিব
ভুংগী পোলোয় য়েংঙ্কো !

১৪

মপুনা চান্নি মতাঙম
য়েক্ক তিংথং কিদব
লইফ্ক চংপ ঈযাক্
চেৎনা পায়য়ু তাজখৌনিকো ঃ

---

# মতমগী নৈরা

নৈখোং শোম্বীনব য়াওস্রব
শীগংনরব পাম্বীদ শাংলিব
নৈনম চেন্দ্রব নৈরাং।

ঐগী ব্রাখল নৈকোলমুং
নৈরাং হেকে খল্লুব;
শাংলমত্রে মীনা খোরদাব নৈবাংদি।

চেনা খুদিং ফাক্লুনা
নৈকোল খুদিং চংক্লুনা
খিরি ঐনা কজব নৈরাং।

অভৌব শকুক য়াওত্রব
হনুব কৌব হৈত্রব
খোইমু লাব খাংজেংব;

কবি বাবু হায়রিবা
নৈহি পেমা চুপ্লগা
নৈনারকগী পায়খোকখি।

য়াহৌ খেংব মুপাও!
নংগী শরুক লৈহৌত্রে
"অপোয়্ব লৈবাং" হেক্রমু।

ঐনা খিরি "মতমগী লৈবাং"
লমদম কৈদ শাংলিব,
লৈবাং শাংকম খংদ্রে।

চীংলোন লান্ন চংলুরে
শাহাজহানগী চান্নবী
মমতাজগী মোংকম য়েংলুরে!

যমুনা তুরেলগী তোর্বান
অঙৌব লৈঙোয়দ থাবলনা ঙৈরিব
মদোম লেপ্তুনা লৈহৌই মুংঙোগী তাজ।

আগ্রাগী ঈশিং দিল্লিগী "লালকিল্লা"
মহাও তংলে ফজব উরে
ঈরোলনা মীরক তিল্লমদে।

মীচং লৈতে হায়রিব
হোংনব ঝাংলি হায়রিব
করিবু ঝাংলিব ঐখোয়গী।

ভারতকী কোন্নুংগী অতিয়াদ
পাইরি এরোপ্লেন অহিং মুংখিল
মাংদ লেপ্নী কুহুপ মীনব।

কোয়না চৎলুই, লাপ্ন থিরুই
থংবিবস্নু য়াওরমদে, থংনবস্নু কোৎনরমদে
ইকায়ব নংলে, ঈরোলবু মীগায়বনা।
মীরোলনা ঈরোল শারুব
মীগী মমাদ ইমা কৌবগুম
হৈনব কৌব লৈতেদো।
ঐগী রাখল লৈকোলমুং
থিরি ঐনা লৈরাং শাৎকম
কোয়না চৎলুই ফংবা লৈতে।
মৈতৈ সহিত্য লৈকোলমুং
লৈরাং শাংলি থংহনগে
লৈখোং শেংলগে ঐহাকস্নু।
ঐগী রাখল লৈকোলদ
ফজব লৈরাং ফংব্রবস্নু।
হেকপগী লোয়ব নাইদ্রব;
মৈতৈ সাহিত্য লৈকোলমুং
মতমগী লৈরাং শাংলিব
ঐস্নু য়েন্দায় থম্না হেকচগে।



# করপসন

করপসন। করপসন।
শেনজাবনা লাম্ভরি করপসন থিংসি
য়ানোম্বন' লাওবি শেনজাব থিংসি
করপসন থিংগদবনা করপসন তৌরি !

কংলৈ খুম্নায়দা থবক থিরিব
য়ানোম্ব হৈরুত্র নহাকপু
শঙ্গনা কয়া, পৈশানা কয়া লৈরব
লাইরিক্ক কদায় ফাওব তম্নব

লাইরিক্ক হৈবনা চংনরোই
লল লৈবনস্থ য়ারোইদো
মতম অসে মীচং কনবগী মতম্মি
ইকাই খিবগী শক্কস্থ লৈরম্নোই।

ওইদব ঙাংবনা অচুম্ব শারব
হয়ানবনা মপু ওইরবদা
অয়োনবদি অয়োনবনা খংগনি
হয়ানবনা হয়ানববুঁ য়াম্লেম্ব মতম্মি

য়েংলি রানোমকিনা কদায়দ
করি কৈথেলদ য়োল্লিব
খিরি কদায়দনো চীরোল তক্ষম
করম্ব লোয়শঙদা তম্বীরিব।
থবক ঙম অঙম
লৈবাকী য়েক্লব ওইরিব
ওইদব ঙাংব, বানোম্ব হৈবদো
অচুম্বনি লৌনরি, অঙম্বনি হায়নরি।
করপসন! করপসন!
ঙদবদি য়াই, চাদবদি য়ারোই
পুল্লপ পুল্লপ ফম্লিব, রারেম ঙাংবশিং
চাওথোকচরি ঐখোয়দি "ছাত্রনি"।
হিংনব লম্বীদা লুপা খাওজাও
পৈশা পিয়ুঃ পৈশা পিয়ুঃ পৈশা
থবক থিগে রানেংমগে
মীকুপ খুদিং লাওরি মচাশিংনা
সিনেমা হোলদা লাইরব লৈতে
কলিদ চায়াম পোকপ
কোয়না চেংল্লি বস্কোপ থমগে হায়রি
ইনাকখুনবদ চংজরি, মখোং কোল্লিপ

থৌনা কব কনাবা
কয়পসনবু থিংগে থল্লিব
লাওরিব মংসু মংগী থল্লি ·
হিংনব লানকথদ ঐসু ঐগী থল্লি।
ঐগী থায়ব বাথল থাবগ
যৌনা যৌগী থমরব মতম
লৌবিমব নৈনত্রব, পিবিমব মাওত্রব
কয়পসন থিংলে, কয়পসন।

---

# ফাদোক

কনাগো নংবু পকথংদব
ভেলগী মীহুৎথোঙদা
মুনা মুনা লেংলিব।

থংলমলবদি ঐনা নংবু
সনবিক পবেং ঐগী চকথবদগী
হকলমগদি মংগী চকথবদা

কমাদো নংবু শকথংদব
নংবু উরব ঐমা লাক্লেকো
কাওব ওয়োই নংগী অয়োইব মিৎ য়ং।

করম্না কাওর'সগে পুম্লিসিদ
য়োৎহিল্লংমা য়োম্লব নংগী থবাম-হকচাং
ইথিৎসিমা উরুবে, পুমে ঐস্থ নংগী বাখনদা

পুম্লুবে শকথংদবমা নংবু
পাপ চেম্নব ইথুৎসিমা
থাদোকপি কদায় থাংবদ বায়ব ঐনি।

খোমোম নোক্তে কপম্থু কপতে
ভেলগী মীহুৎথোক্তদা
নংমা লাংতক্নমা য়োংলিব।

কবি বাবু হায়নিংব
মতম কুইরবগী তুংদ
নংগী শেগায়রব, মরম কিজোল।

শাংলব কোই ইকুরব শথ
নংগী মিৎয়েংমা তাক্লি
ঐদি লাক্লদব কাদোক্লি।

# রাজ-ভৱন

রাজভৱন।
সংৱগী মথায়দ থলদুনা
খুৎশেমগী মফম কয়াদা নৈতেংদুনা
মপোম চৌরু ভাদি "রাজভৱন"।

মোংমগী অহিং ঐনা য়ে'লুই
"ধ্রুব তারা"
অহিংগী অচিকপ থুগায়রিব
লমগী চেক্লার', য়ুমগী পোশীরা।

মশা থম্নি মখৌ পোংনা খোংলি
খোংহাং নৈরি, মেনখোং তম্নি
মাকায়রোল শক্নি "ক্রেক-ক্রেক-ক্রেক"
মরিংগী মেনবায়া নৈতৈগী মেনবাবা

মাহৌভনবি চেক্লাগী তারব খোজেল
কমাগী খোজেল তাবিজ্রব মতম
চেক্লা নংমা মাওমকপ
ঐখু বাথদ থলহল্লে।

রাজভৱন!
ৱাংনব চেকপল মমুং
শাজি-মচা —
তথক-তথক শারবি।

নৌমী মরাম' নাইর খাংপোকমং
পোদোল' কালি, খুঙ্গংনী পুন্নি
বিজলি খাউরৈ "রাজভবন!"

কবিনী চেকপলনুংব
নোয়মব কমা রাওলমা
মরুপ মপ্যাং কমা খংলমা
নদোম চৌক্রা নোংলিব।

মৌবা মৌখা ভানিংব
বৈলত নাইর উনিংব
রাখল বৈথা নাংব রাম
বৈথোক্রিত্রা "রাজভবনা।

রাখলনী ঈরোলনুংল জুম্পিবৈ
হরামব নাকপরা
ভাউব হুই মংমা
খংপ্রেক খংমা খোংবদি।

রাজভবন!
চেকপরা কোরপিলমত্রব
মংমা নাইতোম বৈলমত্রব
মাংলবস্থ রাই মংনী কথব।

পাখাম্বি বৈলবাং কমামা
উত্তাংবৌনি হারজরবখু
খোজ্ঞলবেরৈ বৈলবাংনী কথবদি
মাংব কৌব বৈলত্রি।

চৈকোল য়েংলুই "মোগল গার্ডেন"
চংখি চাওরব নিংথৌরেল কয়া
হুমথি বাদশাহ কয়াস্থ মোংকমদা
রারী অমুক্ত লিরমখো
কমদোকৌরি ঊনগী চৈবাক্তো
সেমগী হৈকোল য়েংলকপুর।
পঠানকোট শাদ্রবর
কোল ড্রিক্ষ থকলক্ত্রু
সুংগী চৈবাক উরক্ত্রু।
শাংলব মঙক তিংথোক্তনা
ঊটনা নোম্না চংলিব
জম্মুগী সুংগী চৈবাক্তো।
কালেন মৈশা মরক্ত
পামজদে চৈকংলাগী পুক্নি
ঈংনা তপ্ন লেনজগে।
শক য়েংঙি মায়দে
চৌঙ্গাক কংঙি তিন্নদে
কিজেং য়েংঙি তোংঙালি।
চীংনা কোয়ব লমদমদা
কংলৈ ইমানা তোপ্ন চৈরিব
থিরম্মী ঐনা করম্মা মান্নবা।

উথি "হেভন কাশ্মীর"
স্বর্গগী লৈকোলদো
কাওখি সুংশাগী মৈশা।
নেহরু পার্ক য়েংলুই
ডাল লেক্তা লৈহৌই "সাহেব জুরা"
পেহলগামগী শগোল তোংলক্ত।
নিংশিংত্রবরা নহাকপু
উনগী লমদম য়েংবদ
উরক্ত মরাইবক থিরবা "কুলি ময়াম।"
চাওখৎপগী মঙাল ফংদনা
পুন্সি চেংজেল থিরিব
অকংব খরনা হিংনবা লেপ্লিবা।
স্বর্গগী লৈবাক উবা ফংত্রে
গুল মার্গ ফিলম লৌথৌরিত্র
মারা অমুক্তা লিরমখো।
ইং কুমজা ১৯৬৮ চৎত্রে
পঠান কোংকি অশাব লৈহৌরে
কাওশিল্লকলেদো "হেভন কাশ্মীর"।

---

# কৈদোঙ্গৈ পুরক্কনি

থৌরি চীবী শান্নরি
অংল্লে'ন নহারোল
লৈবাকি থৌবুন্নেন।

লম লমগী ফম্নাইব
ওংজব থিরি
ফিরৈদ য়েপ্প লাক্করি।

তুংগী নহারোল, জাতিগী য়ুম্বিরেল
মরক মরক্ত দোম দোম তুরি
মচি মচিদ তাহনা লৈরম্মী।

নোংচুপকি লাইনিংনা
থুহুম চনপ্রব ঐথোয়
চীংমী তম্মী মরক্ত,

ইপা ইপু হৌরককম
পাম্নি পুন্নি থিরকলি
পালেমগী খোঙ্গুল লিয়কলি।

থুলাই পায়দে থাংন য়ারদে
থরুম তৌনরি মীচং খোম্নরি
লাম্হেংনরি চীনীগ চীনীগ লাওনরি

মতমগী য়াওন্দ তাওরিব
পাম্বোমা ভাংজব কান্নদে
পলেম্ন হায়জব তাবিদ্রে।

পুকচেল তিন্নদ্রব ইমুং
ধর্ম্মদ রাজনিতিগী ঈথিল চংলব
লমল থুম্মিংবগী রাখল থাদোক্ত ব;

অচুগুম্ব ইমুং অচুগুম্ব লৈবাক্
করম্না ঈংগনি
করম্না লাকনি শান্তি,।

মতম য়োজিত্র লাইনিং'হলশিং
হরি ভক্ত পুম্নমক
রাজনিতি কুদনিতিগী কম্নাইবশিং

খন্দ্রত্র মীর.মগী ·পুন্সি
খরায় মাংলে কংলৈচাশিং
শান্তি লৈত্রেদো লৈবাকসে।

রাজনিতিগী অধিবেসন
লাইনিং'হল কয়াগী মীতিন
কৃষ্ণ ভক্ত কয়াগী সভা

ভান্নব মতাং চাত্রিব্র
খন্নব মতম য়োত্রিত্র
করম্ন পুরক্লিগে শান্তি।

ধর্ম্ম ত্তিম্নদব, জাংকি খেন্নব
রাজনিত্তিগী য়েংথিনব
মচেৎ-মচেৎনা খুন্নায়দা চৈথেং পিরিব।
খঙার ম্বাঙ্গব হুকচাংনা কৈদৌননি
কদোমদনো মীয়ামগী লমজিং
রাবগী পঙ্গেং য়ৌদ্রিত্র মতমসিবু।
পুন্সিগী শাম্লেপফম খংব্রব
মীয়াম থিরি নংতবু
শান্তি! শান্তি! শান্তি!
শাজিন্নব লুচিংব ময়াম
কিত্থনা লোংলত্র নহাকপু
নৈহংপিরব খুন্নায়গী লমজিংব।
পুচিংব অমগী রারব ভুংইনবশিংনা
ঙাইরি নংতবু খোরাংনা, কৌরি হন্না হন্না
কৈদৌঙৈ লাকনি, কৈদৌঙৈ পুরকনি শান্তি।

---

# চীংগী হরি চেক্লা

কনা উদ্রব লোইবি চীংগী চীংগুংদা
চাংলৈবাকী অচিকপ গগায়হনা
চেক্লান মথোম খোংলি "চীংগী হরি চেক্লা"।

ঙেংবদদি লৈগাগুম থোংনা উই
খোয়নৌ নংবু কনানো
ওদ্রব লোইবি চীংগী চীংমাইদ;

নদোম পাম্ব য়াহ্লিবি
অশোংব নারক শিংবু চল্লিবি
চীংগী লাইরেম্বীর হংলি ঐগী থম্মোয়না।

কোক্ত শম্ব পুহনা
শুব্রব লোক্তংদ চংখি
ঈশিংবু পুহনা কারকই।

থৌহ মুংনা কনত্র,
ঈচলগী থম্মোয়না চেৎপর
অঙকপা নংগী থৌনানি।

লৈশৌই সহরগী উকুল মরক
সনা লুপা মনিমুক্তানা লৈতেংলবি
কেজবনা হেল্লবি কয়া।
নংনা নদোম চংলিব
শাংলব চাংশাং, শোংলব নারক
তাংজ লিলবু ""কদত্র।
চৌংগী লমদি কমদোরি
ইম্ফাল সহর চাওখংলে
মীন কৃক কৃক ইন্নরে।
থায়নগী মনিপুর নত্রে
শন্নলনা হরায় মতোল চারে
য়ুমদাংবনা মপু ওইত্রে।
চাওখংলে ইম্ফাল সহর
বিজলি থাওমৈ মঙান্দ
নাইতোম চৎপ কিনরে।
খংদব উদব তাদবনা
লোইবী চৌংগী চৌংনুংদ
নংনা নদোম চংলিব।
নংগী চন্নব মায়খোঙ
পাপ চেন্দ্রব মিং
লাল্লুদবনা মীঙোন্দ

য়েক্লব লৈরমগনি খল্লুদে
ফজব উগনি কল্লকউদে
খংদবনা অপাম্বস্তু পোক্লূদে।

সহরগী নাল্লব লম্বী
ইনাকখুনবনা ময়াইদ
লাইরবনা মতায়দা।

চৈনা ফাওরি ঐদি
চাওরব' উজাও মরক
চৌংগী অইংবা ম্নুংশিৎ।

লৈনাগুম থোৎলবি
নৌরবী নংগী খোংনা
করম্ন চৎলি মুংগাম্নরক্ত।

মহৌশাগী ফজবস্তু কায়দে
চীরোল য়াওদে, লৌনম্ন তৌদে
কনাবু কিগনি নংনা

খংদবর ঈচল নংবু
কংলৈপাক্ত ওইদব চাম ভাংনরি
চীরোল লিশিং তৌনরি।

গুসিগী থুম্নায়, গুসিগী পৃথ্বী
লমস্তু চাওখৎলে মীস্তু চাওখৎলে
কস্ত লৌশিং হেক্সৎলে।

চীংজুম লাইজ তারিব
লোক্তী ঈশিং, চাওরব মুংক্সাও মথক্ত
চেংহি শম্বাল লাংলিবি।

লোয়া লমগী মালংব
লৈরাং লৈনম পুরক্লি
লৈনম্ম লৈরে চীংদ মান্দ।

সহরগী মালা মনম্মা
লৈহৌই মীয়াম মরক্ত
লৈনম্মা চৎখি মালংদ।

কনাগী ব্রাখল তৌদনা
চীংগী ঈচলনা চৎখি
ঐস্থুং চৎলে ইদোম

লোইবি চীংগী চীংমুংদ
মদোম খোংহুনা লৈহৌরে !
মপাং য়াওব্রব চীংগী হারি চেক্লানা ।

---

# য়াঙ্গংলবী তুরেল

ঈকংথাগী মতমদা
ইদোম চীঙ্গা য়েংলি ঐনা
তুরেলগী তোর্বান্দ ফমদুনা।
ঈখো লাংলব তাইবঙবু উবদ
লৈক্রেক চৎলে—
য়াঙ্গংলবী তুরেলগী তোর্বান।
ঈশিংনা ঈমাই চোল্লগ
ঙম্ম থক্তোকপিরে তুরেলগী ঈশিং
করিগী শাওদবগে "য়াঙ্গংলবী তুরেল"।
মচানা কপ্পি, মমানা শাওরি
তুরেলনা শাওদে, পেন্ন পিথক্লি।
পুকচেল ফবী ৱাদত্র কুমগী নোং-ঙাইবদো।
ঙাইব ঙমত্রব মীওইব
ঈম্নীব ময়ামসে য়েংল্লুরগ
নংগী মাংদ ইকাইজৈ।
ঐখোয়দি অহিং চুপ্প পোথারি
নংনা ৱায় কৌবদা হায়দব
চেনবগী লেপ্পা নাইদব।
থম্বালনা শাত্তে খোইমুম্বু ইন্দে
অকংব পাৎ-অকংব পুম্রি
ঙাইরি কুমগী নোং।

থম্মা খেঙ্গোংনা কংলে
পাজগী চান্নবী থরোম্মু লোংঙ্রে
ঙম্মা মনা কেল্লে উপাল।
মনগী মনলুপ, উচেক্কী শঙ্গ
ৱারব লংকৈ চংপশিং
থিরি পিনহৈংবী নংবু।
লৈক্রক চংলবা পুম্রি
অকংব পাংনা পাওখুম্রি
ঐখোয়দি লৈরিমখৈ পিথকপনি।
খৌরাংলব ঈশিং লায়বা পুক
থক্রি লৈনাং খুজোক খুজোক
" ঈ " খুজোক - খুজোক।
সুংকুপ য়াল্লব চেং
লায়বা পুক চাঁদবদি য়াদ
শুগং-শুগঙ্গনা চারি।
মঙ্গেং তাখিনি কিরব " ইনাকখুনব "
শুনিংদবা লাইরবশা।
তুরেলনা হায়রি লৈরিমখৈ পিথকনি।
তাইবঙ মীওম লৈরগা পিনিংদব
লায়বা মীবু পিজনিংদব
ঐগীদি চীংজুম লাইঙ্গ লৈরিমখৈ পিথকনি।

ঐভোন্দ ফজবা অথিব লৈতে
মরুপ লৈতে য়েন্নবা লৈতে
পিথক্লি লেপপ লৈভনা "য়াঙ্গংলবী তুরেল" না।

---

# লাইরব

পৈশা। পৈশা! নংগীদমক
ৱাখলনা ভাওরবা মুপা
পৈশা থিরি কোয়না চংলি
পৈশানা ছমদবা লৈতে।

পৈশানা চংখি, পৈশানা লৈনিংদে
লাইরবগী শেলফুদ,
লাইরবগী শেঙ্গাওদি, হ্য় কনুই কৈওইব
ননিং নমাং হোত্নোং হো :

শেগায়রবা খুদে, শেগায়রব ফুরিং
থাঙ্গৎপদা ৱারবা মুংথঙ
হন্মাং মরিক মরিক
শেল তাল্লি লাইরবা মুপা।

নোংমগী থুংগুমল,
ভরেৎ-শেনজা সনা লুপা
চুম্ন বাক্সিদ লৈহৌরে চুকাম্দারগী
শেঙ্গাওদ চংগ্রে মহাজনগী।
কল কারখানা ফেক্টরি কয়া
ইনাকথুনব অম লাইরব চাম;
লৌমী ময়াম লৌপু অম
শিন্মী ময়াম শেঙ্গাও পায়ব অমগী।
শেন্দোং তাল্লি শেল্লেপ মাংদে
ঠিকাদার অচৌব; কারবাররালা অচৌব
লৌয়াম চাব, শেনজাও পায়ব
কনানা থক্রি "ঈ", লাইরবগী "ঈ"।
লাইরবগী শেঙ্গাওদগী থোকখি শেল
চুহুকপ লৈতে, লাইরবগী খুত্তা;
মহাজনগী শেঙ্গাওদগী থোকখি শেল
লাইরবগী চুম্মাংমল পুথুনা লাকই।
মশিং থিরি, পৈশা পারি
বাক্সি কোল্লি মহাজন
সুমিদাং থুদিং হিসাব তৌরি
কারকপনা কয়, চংখিবনা কয়া।

বোকুল ধুপকি মুংশিব মনম
মবুক থোল্লে, মশা নোয়রে মহাজন
লাইরবগী মনিং হোরব শেঙ্গাও
কোন্নব লৈতে, চংখিবনা হেল্লি।

ঈশো লাংব মুপা, লক্ষ্মী চেন্দ্রবী মুপী
চংলমদাই খুদিং শাওনৈ
হনজিল্লকপ খুদিং থংনৈ
অঙ্গংব লৈতে, লাইরবগী ইমুং।

শেলনা শেল তাল্লি
শেনজাও পায়ব মহাজন
পাঙ্গলনা শেল তাল্লি লাইরব
অয়াবন. রারি, মুংঙাইবনা মুংঙাইরি।

করপসনগী কৈথেলদ
শেন্দোং তানগে চংলুব
শেন্দোয় পুবদ
শেল্লেপ মাংহনা হল্লক্লে "লাইরব"।

---

# অরোয়ব মিংয়েং

"ঈ"না ঈশিং ওন্ত্রিব
চেল্লব খরায়নি খংনা-খংনা
কিরব মীবু হাংকনু।
মুংশিংনা পুবিরি মায়কৈ খুদিং
মদোম চংচব ঙমহব লৈচিল
উপায় লৈত্রবশিংবুদি কনানা পুবিগনি
মালংব নংসু হাকমল্লি
নোংগী মপৈ হুমদোকপিরে নংনা
বারেদো লাইজ ইখৌ লাংবশিং।
বাখল নংসু থেনমল্লি
খম্মোয় মাস্সু ফাপখো
অদোমগী পুক্লিংসু মীপায়গনু।
মিং নংনা য়েংলগ
নাকোং মানা তারগা
পুক্লিং মঙোন্দ পাউদম।
নাকোং নংসু অরানব তাগনু
মিং নংসু কত্তব য়েংগনু।
চিন নহাকসু ওইদব হেম্ম ঙাংগনু।

লিলনা চৎখি উঙ্কুল্লক্ত খোঙ্গুল ভারি
অশোংব নারক্ত লিলনা চৎখি
কনানা খোঙ্গল লিগনি।

মায়খোঙ য়েংন চৎনরি
হায়দাক্তব পুরিংগী বা
পুক্রিংনা থংব ঙমদে।

নংনা হাত্রবস্থু
নোংম শিরনি শোয়দন
কিরব মীবু হাংকনু।

চংজরব মীবু
ঙাকপবগী থম্মে য় পান্ত্রব
নংবুস্থু মীনা ঙাকপিরেই।

শাদানবগী তেন উবদ
উমং তম্ম চেল্লিবি
তথক তথক্লবি শক্তিগী মিৎয়েংদো।

য়েংবনা লাঙ্গোয় চনথ্রব "লাম্মী"
মশা তোয়না খপ্লিব
লাংদ থুব্রব উচেক্কী রাখল।

থরায়না হকচাং থাদোক্ত্রিব
নখুৎ চল্লব মহাক্তো
উমব্বরা মাগী "অয়োয়বা মিৎয়েং"।

মহাকী ডাকপিতৈবগী থম্মোয়
থংলবগদি মাগী থম্মোয়বনা
কিবব মীবু হাংকন্নু।

---

# অঙাওব

খোজেল অম তারি
সুমিৎ থুদিংগী লাওরি
অঙাওব সুপামা থিরি
কদায়দনো "অচুব"।

অঙাওব মরাবগী মরক
কাগী তারে ঙাওদব সুপা!
অরানব মরাম; ওইদব মপৈ
হুরানব মরক অচুব পায়!

সুংশি হৈত্তব রাথল মাওদবা
পুন্সি অসি লেনজনিংতি
কংলৈপাক্তি চীয়োল মহুব শাগে
ওইদব চাবনা থুজিং ওইরে।

"কোক মথাম" বা তানরি
অকব থবকী খমরি
মথাম মথাম ওনশিমরি
"অচুম" পুরকসি হাযনরি।

তুং- ওয়োকথিবগা
কওবদ হৈনরবশিংবু
কতব বাথলনা কৌরি
লমহুই লৌশিং তৌনরি।

অমনবা কোক কয়া
শীন্দোক্রুই মীরাম চংতুনা
পানশিন্ধুনা য়েংতি "অহমব কোক"
চানব কৌম নৈথিত্রো

ঐখোরমা খনজরুবনি
কগ্রপ মথওদ অমুক শিনব মাই
মথও মথও কমারক শিরপ
করম মতবদ চানব মাওরকবা।

কামত্রব কোক মথাম
হন্দক্রু করি খমরি
লৌকনাম পুকনাম মথাম
করি বাবু তানরিব।

ঙুপ্রেন মরুপ মপাং
য়োৎনা ঈশিংদ তাওরে
অরুবনা মভায়দ চেন্নে
অচুম্বু অয়ানব ওইনা উবেদো।

লমহুই মরাবগী মরক
মপু নিংব তাউব হুই
খোংজুরম্বু কাময়রোই
চমি তত্তুনা তোক্লনি।

লোইশঙ অমা লৈয়ম্মী
অচুম অমান থিনব
চৗয়োলনা হুমপ্রে বায়েনব
ওইদবগী লৈথং ওইরেদো।

লেনজাও পায়বস্তি মকম্বি
তাংব লোনবনা লৈবৌরে
মচিন কনবনা অচুম শক্লে
মীচঙ কনবগী লোইশঙ ওইরে।

মীহাৎপবু দন্দি পিবা ওমপ্রে বায়েনম
পুন্নমক শেলনা চিন কোৎচিনরে
অচুমগীদমক তাংবিনব লৈক্রে
শেনগী মিকাবিরৈ পিরেদো অদায়।

দৈবাকৗ দখৗ খোং খনজ্রে
ঠিকাদাৱনী অৱাব উদুনা দৈবে
আইন শেখশিংবু দৈজুনা পুৱিব
আইন শিজিমৱিব কাংবু।

খেল ফংলগ কলম চৎপ
খেল ফংজ্রেগা কলম থৈৱিব
মৱাল দৈতব শাৱিখশিংগী মৱক
অঙাওবনা ভত্তনা দাওৱি।

কমানা হায়ব ওনজ্রবম্ন
ভুম্লিব দৈগী চাং.
নোংম পোকথায়রনি
মৈৱিক্ক দৈজাওবি ওদ্রনি।

হে! অচুৱ পাৱ অঙাওব
মতম, অম দাকথিনি
চাক্রিব দাস্মৈনা মুৎলগ
অনৌব মৱোল চোংলনি।



# আশাগী মৈরি

ইংকোল লৈকোল য়েংলিবশিং
কেল্লব হৈবাং চানিংদে
লৈনল চল্লব লৈরাং চিম্নিংদে।

লৈখোংদ তারি লৈরাং কয়া
খোইমুনা ইন্দে কেল্লব লৈরাংদ
লৈহি চুপ্পি শাৎলিব লৈরাংদ।

খো'য়মুহুনা থম্মোক্রম্মী
লৈথোক অমদ শাৎথিল্লববনু
তিলনা চিল্লব লৈরাং।

অপোবব লৈরাং বেকনু
লৈহি চেন্দবনি
শাক্রিব লৈরাংদো।

অঙাং মচা মচা শাম্নরি
মমানা কৌবা তাদে
নুমিৎ তাবিনি থল্লুদে।

তারমব উচৈহ চানিংদব
কেরুব লৈরাং চিন্নিংদবগুম .
অহনগী মতম ওইরকপ

তাইবঙ ইরা চৎলক্তে
মাংগী লমবী শাংলক্লে
তুংগী লমবী তেঙ্গক্লে।

মোংলৈ মুংশিৎ খোয়রক্লে
মুংশিৎনা শাওবদ
উপাল পুমব মকোক তাওরে।

লৈক্রক ঈশিং চংলে
জয়! জয়! লাওব খোঙ্গেলসে
নিংথাররবনি ভুবনগী লৈরাই।

কুমগী নোংহৌ লাকপদ
মনাক হৌরমব উপাল
রাওথি লৈরাম নিংথারবদ।

অহনগী মতম ওইরকপ
করম লানসিব মাংদ উরিব
পামবৈ রাওজ্রব উয়োকথোং।

মতম লৈরিবৈ
পাঙ্গলনা ফরিবৈ
পাংথোকলম্বুকো পুন্সিগী থৌদাং।

মৈনা ঈশিং কিতুনা চেপ্পব নত্তব
মুৎনি মুৎনি চাক্লিব
অাপাগী মৈরি থংহৌদনা মুৎখিনি।

---

# থরায়গী তেংথাখোল

ইমা! চৎলসি লাকও ইমা!
করিগীনো থেংনব অহিং অসিদ
শক্লাং ইকা কা নদোম হিক্র কপ্লিব
কিন্নু ইম্মে, ঈংথক্লনে মহাকপু।
ইমা! নংবু তাওব্রা
থেংবোয়ু! মত্তম অসে কৈথেল থমক্লবনি
কনাম লৈত্রে, মতোমদ তাইবে
থংক্লত্র ইমা।
তাইবঙ কৈথেলদি অনিথকনি
লৈব লাকপগা খোমথ লাকপুগা
হৌজিক্তি কৈথেল পোইনা কুমথে
খোং লোমব চুকাপ তাইহৌরে।

হেংউরে ! ইমা মংবু উৎথর
পোৎকম কয়রী অমত্তু লৈত্রে
অহাংব শঙ্ক মক্ত ভাইরে
কিত্র হেংউ ! ইমা মংবু কিত্র।

ময়ক-ময়ক্ত ডোক হোক লাওব
থোক্সেল অম তারিবসে
মীগী থোক্সেল নত্তে ইমা !
অহিংগী লিক্লা তাবগী থোক্সেলনি ।

অমথক চৎলিবসে অহিং তুমত্রব হইনি
“কু-কু” লাওনা থোংলিব অসিমু “মকু” নি
অহিংগী চেক্লানি
তুংথিলগী উচেক নত্তে।

পলেম মংবু কমাক্সো
চংলসি লাকও ঈংলরিরি
ইমা ! মংবু কমা লৈত্রবির
পলেমগী শঙ্গায় তাকপিয়ু !

মচাবু আম্মা থমবিয়মু
থেংনব অহিংগী মতম ওইরবনু
পক্রেমগী শঙ্গায় তাম
থিমজরমগে মচানা।

ঐনা হায়জব তাখিদে
খুৎশা মণ্ডা চীনবান্দ থম্লগা
শিন্থৱক্লিব পিরাংনা
মালেম পুম্ব চোৎলক্লে।

কয়ারক হন্ন হংজখি
করিগী ইমানা হিক্ক কপ্লিব
রা ঙাংদে মথুৎ হায়খি
খংত্রব ঐনা হন্ন-হন্না হংখি।

ইমা। মতম অসি থেংলবনি
ইমা ইচাদ ঙাইরবনি
তাইবঙ মী কনা উত্রে
কনা লৈত্রবম্ভ চৎলসি নচাগী নাক্ত।

খাংব ঙমলক্তুব ঐনা
পলেমবু খুদাং পায়হনা চাংলুই
স্বাই মাংত্রে
ইসঃ তাইবঙ মী নত্রবরা।

ঙসিস্থ হংলি থোইয়ুম লাই ওইরত্র
ইমা নংবু কনানো
অস্থৃয় কৈথেল কৈথেল খুদিংদ
থেংলব অহিং খুদিংগী;

কপ্লিবি নংবু কনানো
থাপ্তরু মমি শামি উরিবি
পলেম ইমানা তাকপিরম্বী
পারি নংবু তাত্রা

ইমাগী ঈবুংঙো, ইমাগী তুং ইল্লকনু
ইমাবু তাম্নগে খনগনু
ঐবু কাগে খল্লগনু
নমাদি কংলৈ পোকপি পলেম্মি !

নচিন ননাও মখায়
হাৎন শুনবগী মৈচারু
কৈথেলগী মচি মচি খুদিংদ
কপতুনা লেল্লবনি ইমাদি !

কপলুখিগে কৈথেল অমদ
কৈথেল খুদিং চত্তূনা
থেংলব অহিংগী মতমদ
তাহল্লগে নমাগী "থরায়গী তেংথাখোল"।

মঙলাল অমদ ঐনা মঙখি
মীকপ থোক্নকপদ পলেমবু উব কংখিদ্রে
তারি ইমাগী তেংথাখোলদি
কাওঙমত্রব নচানা হৈরগেকো "থরায়গী তেংথাখোল"।

করম্না ইরসিগে
ইদবদি য়াদে—
থলিব রাথল ইরুগা পোখ্বারি
খুমায় অসিগী থোৌদোক রাথোক্লা;
চৈখেং পিরি ঐঙোন্দা
ইহল্লি ঐবু "থরায়গী তেংথাখোল"
মতমগী মমল কুপ্প শিঙ্জিন্নরবস্
রান উথি অয়েংবশিংনা।
অঙোবা চে, কলম, মুক্তী
মপান তাংহুনা—
"ইমা!" নংতবু নিংজরি নচানা।
মশা করুব উচেক্না
নোংমদোল অতিয়া তন্দুম
লাইরু অনংগী রাথলনা
পরৈ চেংনা পুল্লবা ঐনা পাউদম্বা—
শৈরেংবগী রাথল নৈরুদে
চরাংনবা খুম্নায়দ—
রাথলগী পোখ্বাকম থিহুনা
ইথি ঐনা "থরায়গী তেংথাখোল"।
মীয়ামগী সেবা হৌরকপদ
পুন্সিগী হেনকত্রবা থৌদাংনা
নোংম-নোংমগী কিব হেল্লকপ
লাইরু' রাথলনা পুল্লকপ;

পাংদব অম ওইবনা
পলেম নংবু কাওহনা
রাখলগী পন্থুং য়েঁাদনা
পুন্সিগী চেনা থুপচিনখি।

থেংলবা অহিং কয়াদ
মপারি মশেল শেগায়হনা চানব উরগা
কংলৈ ইমানা কৈথেলগী লাইরেম্বী শাহন
অহিং চুপ্পা মদোম চোংহনা কপ্লিব।

ওসিদি ইমা নংবু নিংশিংলে
পলেমগী তেংথাখোল তাওমত্রব নচানা
ইমাগী পাওখোল্লোয় ওইনা
অবা পাওবু তমজরি।

কংলৈ ইমাগী লৈকোলন্থুং
তিংখংনা য়োম্রব
লৈরাংনা লৈনায়ক্কা লোংলবস্থু
লৈনয়া লোংপা য়াথিদ্রে

ঐস্মু থিরি লৈরাং শাংকম
খোইমুনা ওংনা পাইরি
লৈহি পুম্ব চুপথোক্লি
হনব লৈতে পেয় চুপত্রিমখৈ'

অহাংব অতিয়া
মালং ইপোম মরক্ত
চেপ্রানা লেম্না পাইদে
মগুক লৈনা লৈনা য়েংলি।

কোয়না কোয়না পাইরি
চেক্লাগী চাক্তাকম থিরি
সাইনতিষ্টশিংনা রাজরি
তাইবঙ মীওইব ঐখোয়গীদমক।

খনবগী লোইব নাইদ্রব সাইনতিষ্ট কয়া
অঙৈব কয়াগী পুন্সি—
মরক, মরক্তা ঐখোয়না উরি
তাথি রাজনিতিগী শারো লাংদ।

মরক অসিদা
লৈমল চল্লব লৈরাং কম্বা
খন্দোক্কে খল্লি—
রাখলনদি থেল্লি।

মতৌ তমজে
চংখিব অহৈব অশৈবশিংদগী
লমল তোল্লে ঐনা
ঈয়ায় অশৈবশিংগী।

তুংগী পোইরৈ যেংহুনা
কজবা ৱাহৈনা—
ৱাখল লিশাং থাজনিংব
অশোযব কয়া য়াওরমগনি।

লাক্কদবা কয়া লৈবি
কংলৈ ইমাগী মপারি মমোমশিং
তুংদা লাকপা অশৈবশিংনা
পুরক্কনিদো মীয়ামগী য়াইফব।

কংলৈ খুন্নায়গী
য়াইফ পুংফম চাইজরি
পিরাংজনা ফীবুম চোংলবী
কংলৈ ইমা!

পলেম নংবু উক্লৈ
ইমাগী লৈকোলয়ুংদগী হেকচব "লৈরাং"
কংলৈ মীয়ামদা পুথোকচবি
ইমা নংগী "থরায়গী তেংথাখোল"।।

—×—



# পূথোক্কে থনজ্জ্রীব লাইরীকশিং

১। অশিবগী লৈবাক (ড্রামা)

২। ডাক্তর জানি (উপন্যাস)

৩। রোসন (উপন্যাস)